# নম চেন্দ্রবসু লৈরাং শাংলি





দা. যামিনী দেবী

কাখোকচরি

অবা চৈনা নংণবী নুপীশিং অমদি তুংগী মীরোণ ওইগদৌরিবা অঙাংশিংগী মফমদা ।

*Leinam Chendrabasu Leirang Shatli*, a collection of 63 poems written by **Dr. Chongtham Jamini Devi**, published in 2008 by Rai Pravina Brothers Publications, Imphal, Manipur, Pin - 795 001.

অহানবা ফোঙবা : ২০০৮

মখুম দিজাইন : কল্লেক্সন

মশীং : ৫০০



লুপা ৭০/-

প্রিন্টিং এন্দ পব্লিশিং দিবিজন, রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালদা টাইপসেট তৌরগা
সি:ডি: বাইট কম্প্যুটরস, য়াইস্কুল পুলিস লেন্দ, ইম্ফালদা নম্বা ।

# অইবীগী মায়কৈদগী ব্রাহৈ খরদং

ঐহাক শৈবেং ইদুনা লাইবিক ওইনা ফোঙদোকপা লৈখিদ্রি। ঐবু কবি সম্মেলনদা, নুপীগী নুমিৎ পালনদা ময়ায় তাংবলদা ফমহনবা কয়ানি। সভা হৌদোকপদা শৈবেং থীগদবনি হায়বদগী খুদক্তা ইবগা পাখোকখিবা শৈবেং খবসু লৈ। খুদম অমা অনীদং লৌখৎলবদা 'অনৌবা চহীনা খোঙদোইবকপসিদা' হায়বসি তাং ৩১/১২/২০০৫দা কবি শ্রীবীবেননা শীন্দুনা পাঙথোকপা কবি তর্পন থৌবমদা অইবীনা গেষ্ট অফ ওনব ওইবদা পাখোকখিবনি; 'ঐখোয়দি ঈবৈবাক্কী লাম্নীনি' হায়বসি তাম্থা নাইবা শাজেলগা লোয়নবা ঈশৈ ওইনা; 'ঐখোয় শান্নকসি' হায়বসি অঙাংগী টেক্স বুকতা হাপখ্রবনি। 'নুপীমচা অমগী ফৌশু ঈশৈ' তাং ৫/৯/২০০৩ ইংদা ককচিংগী ফৌশুপাৎতা পাঙথোকপা কবি সম্মেলনদা অইবীনা ময়ায় তাংবল লৌবদা খুদক্তা ইদুনা পাখোকখিবনি। 'ইপা ইপুশিংদা তর্পন' হায়বসি আগষ্ট ১৩, ২০০৭ অথৌবশিংগী নীংশিং নুমিত্তা, 'হিংবগী দাবী' হায়বসি উচেক্তা বার্দ ফ্লু শন্দোবকপদা, 'অকিবা' কৌবা শৈবেংসি লৈমকোল খোর্জেকোল (লৈকোল)না শীনবা শৈবেং শৈদিন্নবগী থৌবম মপু ওইবদা, 'সুবাহীদুগী মবায়বক' হায়বসি মাদ্রাজদগী হল্লকপা খোঙচৎতা ট্রেনদা ইবকপনি। 'কবি মীনকেতনদা শ্রদ্ধাঞ্জলী' হায়বসিনা কবি মীনকেতনগী নীংশিং থৌবমদা লাম্থোকখিবা শৈবেংনি। 'শর্মিলাদা' অফ্সপা শীংনদুনা চবা হেল্লকপা চহী তকুক হেল্লকপদা অইবীনা শর্মিলা উনকব্বদা, 'ব্রহ্মপুত্র উকবদা' খৃ: ১৯৯৭তা নোর্থ ইষ্ট স্পোর্টস এদভাইজরি কমিটিগী খন্ন-নৈনবদা হোটেল ব্রহ্মপুত্রদা লৈবিঙৈ ব্রহ্মপুত্রগী ঈচেল উকবদা ইখিবনি। 'মৈবা পায়বীগী মৈবা' হাযবসি লৈকোলগী চহীগী মীফমদা কবি সম্মেলনদা পাখোকখিবা পাইবক্কী শৈবেংনি... অসিনচিংবা। মতম মতমগী ওইনা ঐনা থম্মোয়দা ফাওবকপা ঈথিল খবসুদাইবিদা ইশিন্দুনা থম্বা লৈ। ফোঙদোকসিবা ফোঙলোইসিবা খন্দুনা য়াম্না কুইনা লৈকব্বনি। মতম কুইনগী তুংদা ব্রাখল অমা ফাওবকই শৈবেং ইবগী নীতি নিয়ম ইনবা-ইন্দবা ঐনা ইজখিবা শৈবেং মচা মচা খবা খোমজিন্দুনা ফোঙলগা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোলগী মতাই অমদা শাৎচবসনু খন্দুনা *''লৈনম চেন্দ্রবসু লৈরাং শাৎলি''* মিংথোন্দুনা লাইবিক অসি ময়ামগী মফমদা লাম্থোকচবি।

যামিনী।

# য়্যাওফম

# অনৌবা চহীনা খোঙদোইরকপসিদা

অনৌবা চহীনা খোঙদোইরকপসিদা
শামিন্নরসি ঐখোয় অনৌবা ৱারী
নত্তে লালগী, হাৎন-শুনবগী
নত্তে মীওৎ-মীনৈগী, কাঙলূপ মশেল উংখৎনবগী
নত্তে নুপীবু নমজা নমথেক্রবগী, ইকায ফিরুক খুমহনবগী।

শামিন্নবসি ঐখোয অনৌবা ৱারী
অনৌবা য়াওলগী অনৌবা আশাগী
নুংশি চান্নবগী, পূকচেল খোয়জেল তিন্নবগী
মাঙদা পূন্না চঙশিনমিন্নবগী
ইমা লৈবাকপু সেবা তৌমিন্নবগী।

শাংলক্লে মতম ৱাবক্লিবা ইমানা
তূম্বা মচেৎ, চাবা মচেৎ খাঙদুনা
শন্নাং ইফা ফানা, চবৈ খ্বাংজেৎ লাক্তুনা
মপাবী মমোম ঐখোযবু নাউয়োক নাউকোনবীবক্লিবা
ঙসিদি মচাশিং ঐখোয কাংদোং ফারক্লে;
ঐখোয় পূন্না স্বর্গদগী পরিজাৎ হেক্লুবসি
সমুদ্র নৈদুনা অমৃত থিকরসি
ইমাগী সেবা তৌরসি।

অদুবু ৱাবেপ অমদি লৌবা তাই
অচুম্বা লম্বীদি খনবা তাই
লম্ফাঙলবা লম্বীদা লম্মুক্রদনবা
ইমাগী সেবাদা নীংহন্নদনবা।

অদুনা, ঙাইখো লেপখো মরূপ!
নদোম খূৎতা তিমেন পায়দুনা
করিগী তহা তহা চেল্লিবা,
করিগী মংশৎ তানগে খল্লিবা
অপূনবগী শক্তিনা য়েক্লবা মায়রোং য়ারসি
অমনা অমবু মতেং পাংনরসি
প্রকৃতিগী খল কায়হন্দনা, ঐখোয় পূন্না হিংমিন্নসি
শান্তিগী সংস্কৃতি অমা শেমগৎলসি।

য়েংউ, অনৌবা চহীবু ওক্লবা কুমগী নোংসু য়ৌরক্লে
খুইথরম্বা হৈপাল লৈপাল লোইনা ময়োল চোংলক্লে
হৈখা, হৈনৌ, চুম্বৈ মপালনা মুনা মুনা য়েংলক্লে
তখেল্লৈ, চিংগোংলৈ, মাধবী মাল্লিকাগী
লৈনম্মা লৈকায় পল্লাল্লে।

পূংজাসিদা অমুক তূমথরনু, হৌগৎলো মরূপশা!
অনৌবা আশা, অনৌবা থৌনাগা লোয়ননা ওক্লসি
শান্তিগী পাউজেল পুরদুনা লাক্লিবা অনৌবা চহীসি।

# অরি অনৌ লংদাইদা

অরি অনৌ লংদাই য়ৌরে।
লাক্কনু য়ারোইদো তৌদৌবা
য়ৌরক্কনি য়াম্না থুনা অনৌবা চহী
নীংথিবা চরৈ থোল্লদুনা।

ওলাং থাসু হৌখরে
নোংজু থাসু লোইখরে
নীংথম মাসু তুংওইনরম্লে।

হৈখা মপাল, মালহৈ মপাল
হৈনৌ মপাল, চুম্ব্রে মপালনা
মূন মূনা য়েংলক্রে।

লৈঙম্লোই নহাক লোৎতুনা লৈবা
কদায়দনো নঙনা লোৎকদবা
থোরক্লো য়েংনিংলে মায়থোঙদো।

নঙগী শুমহৎয়াই চেল্লবা শক্তম্না
মেঙলবা মেরাগী থাবলগুম্না
ঈংথহল্লো মৈবায়রবা লমদমসি।

(৩১/১২/২০০৬)

# খৃঃ কুম চহী ২০০৫ গী ব্রাকৎ

ওকচখিবনি নঙবু তরাম্না
অনৌবা আশাগা লোয়ননা
কুমগী নোংনা লাকপদা
হৈপাল লৈপালনা য়েন্নীং চোংবগুম
খুইথরবা চোকথববা পৃক্লিং তেকখৎহনবীনবা
অদুবু কৌগে নঙবু নুংশি খঙদবী
নঙনা হনখিবদা পুবীখবে মহাকসু চান্নবা
নঙসু লাক্লবোই, মহাকসু হল্লক্লরোই
অদুবু নীংশিংবদি লৈহৌবি কাউঙমদনা।
নঙনা চৎখিবদা পাউজেল অসিমদি পুবিখো
"মৈশা লাংলবা মালেমদগী
থাপ্না হনখ্রবসু মহাক্লা
শান্তিগী লৈকোলদা
ঈংনা চীক্লা পোত্থাদুনা
লৈবিয পাউজেল্লকউ তম্নীবম্মু।"

## ইমাগী সেবা তৌরুসি

নুংঙাইরে হরাওরে
ঙসি কৃম্মে নুমিৎসে
চেন চোংদুনা শান্নসি
ঈশৈ শকসি জগোয় শাসি
হো হৌ হো
হো হৌ হো।
নুংঙাইরে হরাওরে।

চীংদা কাদুনা থিরুসি
মেলৈ লৈম্রা নোংজুমপাল
কদাম্বদি লৈনুংশি,
শাৎলিবরা য়েংলুসি
শিরোই লিলি শকহেনবী
পরেং লেংদুনা কৎলুসি
পলেম ইমা মণিপুরসে
হরাওহনসি নোকহনসি।

হরাওরে নুংঙাইরে
ঙসি কৃম্মে নুমিৎসে
জগোয় শাসি ঈশৈ শকসি
লোক্তাক পাৎতা হিহোনসি
হো হায়ো হৌ হা
থরো থম্বাল হেক্লুসি
হো হায়ো হৌ হা।

কৈবুল লমজাউ য়ৌরুসি
শঙাই জগোয় য়েংলুসি
হরাওরে নুংঙাইরে
শাৎলিবরা য়েংলুসি
লম্ফেল নাবা কোম্বীরৈ
লাক্লো লাক্লো মরূপশা
ঐখোয় পূন্না চৎমিন্নসি।

ঐখোয়না কন্নাবু কিরনি
মাঙলোমদা চঙশিল্লসি
ইমাগী সেবা তৌরুসি।

(১/১১/২০০৬)

# লাক্লো ইচীন ইনাওশা

লাক্লো ইচীন ইনাওশা
পোক্লফম লমদম পাংলসি
ঋতু তরুক্লা থৌগনবী
লোত্তাক্লা মিংশেল ওইরিবী
কৌব্রুনা পলবু ওইরিবী
তলা পামেলদা তোংদুনা
পোম্বী চেক্লোনা শৈহেক্লিবী
পলেম নাক্তা য়ৌরসি।

জাৎ বিজাৎ খায়দবী
অচান মীরাই নাইদবী
পূম্নমকপু চঙজফম পীরিবী
মীয়োক মীচান ফজবী
মালেমদা অনী শুদবী ইমানি।

লাক্লো ইচীন ইনাওশা অব্বাংবা চীংদা কারুসি
মেলৈ লৈম্না নোংজুমপাল
কদাম্বদি লৈনুংশি হেক্লুসি
পলেম ইমাদা কৎলুসি
হরাও মীনোক তমহনসি
লাক্লো ইচীন ইনাওশা।

# ইমা লৈবাক্তা হায়জবা

হি-য়াই পুবী শুমহৎয়াই পুবী
নঙনা তাবুনুংদগী চিংথোক্কুনা
উৎলিবা লম্হুম ময়ামসে
কনাদা শিন্নরম্নবনো?
নঙদি থৌরাং হৈবীনি।
থৌশিল হৈবীনি
শিদয়াই নাদয়াই পুবীনি
নঙগী খুজীল থৌরাংবু
কনানা শীংথাবা ঙম্লুনি?
শিন্নবীরম্মু নচাশিংদা মফম চানা
শেমগৎপীরম্মু নপারী নমোমশিং
মথৌদাং পাঙথোকপা ঙমজনবা।

## মরৈবাক নীংবা ঈশৈ

লাক্লো ইচীন ইনাওশা
হেক্লুবসি মেলৈ লৈস্না নোংজুমপাল
কদাম্বদি লৈনুংশি
কংলুবসি পলেম খুয়াখাদা
লাক্লো ইচীন ইনাওশা।

পলেম ইমা নুংশিবী
কবিগী পিবাং শীস্থবি
অথৌবা পোকপী পলেম-ও
নপাবি নমোমশিং চাউবক্লে
পলেম্বু কনানা লাকচনি?
মোমোন মিনোক তম্বীবো
লাক্লো ইচীন ইনাওশা
ইমাগী সেবা তৌবসি।

(৩০/৬/২০০৬)

## লাইবক ফৈদকো ঐসে

লাইবক ফৈদকো ঐসে
ইমা নওনা নাউকোনবীবসে
নতস্বাক্তা চাউজবা ফংবসে
লাইবক ফৈদকো ঐসে।

হিন্দু, মুসলীম, শিখ, ইশাই
কযাদা ফজশ্রবা মিংলেননো
ইমা নওনা থোনবীবিবা
ইচীন ইনাও ঐখোয়দা
লাইবক ফৈদকো ঐসে।

পীনবিযু ইমা নচা ঐখোযদা
পৃকচেল খোইজেল তিন্নজবা
নুংশি চান্নন হিংমিন্নবা
ইমা নওগীদমক্তা
থব্রায অসি কৎচগে
পীনবিযু নচাদা থৌনাদো।

# খাম্মু ইমা নচাশিংসে

পীনরো ইমা নচাদা
ঈংথবা তপথবা পৃক্লিংসে
চাউজবকপনি ঐ নহাক্কী খোল্লাংনা
লৎনবীনু ঐবু হায়বা ইন্দবনি খল।

কবিদি তৌকনি
কনাদা ওইনজকনি
ইমা নঙোন্দা নত্তনা
ঙাকপীহৈবী চানবীহৈবী নহাকনি।
লঙজবে খঙই নফমদা
পঙলবা নচা ঐখোযনা
খল্লমগনি ইচা চাউবগা নুংঙাইনি।

অদুগা কদায ঙসিদি
নচাশিংনা নঙনা পাল্লোইদবা ঙাক তৌবিসে
নপাম্বোম ককথৎলগে হায়রি
নখোঙ কক্লগে লাউবি
খাম্মু ইমা নচাশিংসে
তৌহৈদে হায়যু মখোযদা।
নৎত্রবদি লাঞ্জাও থোক্লনি ইমা
খাম্বী মৈহৌবে লমদমসে মচী মচীদা
শান্তিগী লাইজ খীকপিযু।

## লাইনীং লম্বী

শক্লাইদবা, মপাল নাইদবা
মঙালগী মশক ওইবা নহাকপু
ঐনা মূর্ত্তি ওইনা লাৎচৈ
মূর্ত্তিদা নহাক যাওবিববা'?
মপূং ফাবা নহাক্তি
কবিসু ৱাৎতবা নহাক্তি
শেল যাম্না কৎলগা নহাক্না পেনবীববা'?
কবিসু লৈজদবা ঐহাক্তি নহাক্না চানবীববোইদ্রা'?

(৪/৮/২০০৫)

## ঐখোয়দি ঈরৈবাক্কী লান্মীনি

ঐখোয়দি ঈবৈবাক্কী লান্মীনি,
ঐখোয়না কনাবু কিকনি।
লাউ লাউ থোবকউ লাউ।
ইমাগী জয় লাউসি লাউ।
থবক কন্না নোমসি লাউ
ইমাগী লমন শিংসি লাউ।
ঐখোয়দি ঈবৈবাক্কী লান্মীনি,
ঐখোয়না কনাবু কিকনি?
যেক্রুবা মায়বোং য়াকসি লাউ
ইমাগী ইজ্জৎ ঙাকসি লাউ।
ঐখোযদি ঈবৈবাক্কী লান্মীনি,
ঐখোয়না কনাবু কিকনি?

# ঐখোয় পূন্না হি হোনসি লাউ

ঐখোয় পূন্না হি হোনসি লাউ
ঐখোয় পূন্না হি হোনসি লাউ
হো হাইয়ো হৌ হা
হো হাইযো হৌ হা
হো মরূপ হো মরূপ
হো মরূপ পূন্নমক
ঐখোয় পূন্না হি হোনসি লাউ
ঐখোয় পূন্না হি হোনসি লাউ।
হো হাইয়ো হৌ হা
হো হাইয়ো হৌ হা

ইনুং শোবা তৈবদা
চীংখৈ ফিদুপ হুনবদা
লেম্লৈ ঙাবু ফাদুনা
কম্বোং মনৌ হেক্তুনা
ইরান য়াইবু পাংলসি
ঐখোয় চাকচানকসি
হো হাইয়ো হৌ হা।

# ঐখোয় শান্নরুসি

শান্নরুসি শান্নরুসি
সে সে সেবোত্তি
শান্নবসি শান্নরসি
অমাংগোই তান্নসি, উবাওবী শান্নসি
তনহন ফাইবোক শান্নসি, ফিবুল হাবী শান্নসি,
ঈশৈ শক্তুনা শান্নসি
উদগী চাউবা খোংনাংনি
মনা পূংবা হৈনৌনি
তে তে তেনৱা, কৈশামপাৎকী তেনৱা
হৈনৌনা মুল্লগা তেনৱানা হৱাওই।
শান্নসি শান্নসি
চাকথোংবী শান্নসি, কেকুলোৎপী শান্নসি
তোং তোং তোংদুম্বী
চক্ৃক নাক্ৃক চকৱাইবী
থাদোই কৌবীনা
তেমু তেমু মতোন স্না
চিচৌ ৱা খৎ খৎতোকউ।

# খুরুমজরি ইমা পোক্লফম লমদম

খুরুমজরি ইমা পোক্লফম লমদম
নপারী নমোম ঐখোয়না
মিনুংশি চাউবী পলেম-ও
করিগী শীঙ্থরি পিরাং?
নপারি নমোম চাউরক্লে
ইশাগী থৌদাং পাঙথোকচগে
থবক কন্না নোমজগে
খোন্নাং লমন শিংজগে
কপ্পগনু পলেম-ও
মোমোন নোক্লো ইমা-ও
থৌনা হাপ্পীয়ু নচাশিংদা
য়েক্লবা মাযবোং য়া'ঙম্লবা
ইমাগী মিংচৎ পুরক্লবা
খুরুমজবি ইমা পোক্লফম লমদম।

## কয়াদা মথৌনা লৈশ্রবনো

চৎলি চৎলি পূম্নমক্না
লম্বী কোংকৃৎ মরক্তুদা
কার চৎলি, ভেন চৎলি
বস চৎলি, রিক্সা চৎলি
ষণগাড়ী চৎলি, মী চৎলি
স্কুটর চৎলি, ষণ কৃল্লি।

পূম্নমক লোইনা মবূক ফৈ
অমনা অমদা শাউনদে
মাগী মাগী ঙম্লনবা
কন্না কন্না হোৎনৈ পূম্নমক্না
কয়াদা চাওখৎশ্রবা লমদমনো?

কৈথেল ফল্লি নুপীশিংনা
তল হৌরি, বোরা হৌরি
চাক থোংলি, অচাপোৎ য়োল্লি
লৈদুনা চানরি অপাম অপাম্বা
লৈখোম লৈনাং মরক্তুদা
মীনা কৃক কৃক ইন্ননা
কয়াদা নোম্বা কনশ্রবা লমদমনো?

লম্বীদুদা চৎলি মন্ত্রীশিং
ফজবা ফিরোল শেৎতুনা চৎলি অণ্ডম্বশিং
নোংমৈ পায়দুনা ইল্লি সিফাইশিং
পুলিস লাকই, মথৌ তৌই
কোয়তান তাল্লি কোয়চেন চেল্লি
ইমা ইবেলশিং
মপোং মচৈ হৈদোকপী।
য়ূমদা লাকই নমদুনা লৌই
লোৎতুনা খাঙই কাপ্পুনা হাংলি
কয়াদা মথৌনা লৈত্ত্রবনো?

(৫/৪/২০০৭)

# নুপীমচা অমগী ফৌশু ঈশৈ

হাদা ইমা ইমা-ও
ঐসু লাক্কে ইমা-ও;
লাক্কনুদা ইবেন্মা
নোং চুই লাক্কনু;
ছাতিন তৃপ্পুনা মরাক্কে।
লম্বী নাম্লি লাক্কনু;
চৈশু শুদুনা মরাক্কে।
কৈদৌরগে ইমোম-ও
করি ননীং থুংদ্রগে?
ও ইমা ঐহাক্তি
শান্তি লৈনা হিংজনিংই।
মী পরেং লেংহল্লগা
নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎপিবা
খুদৈ শেৎতুনা চৎখ্রগা
কোম্বেট দ্রেস শেৎপীদুনা
খৃৎতা নোংমৈ পায়হন্দুনা
লোংদা তানা ফংহনবা
নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবীবা
লমদমসিদা লৈজনিংদ্রে
হাদা ইমা ইমা-ও
ঐসু লাক্কে ইমা-ও।

## পাখোঙ অমা চনগে

“পাখোঙ অমা চনগে
ওন্নবদি ফোঙউ
তরাই তরাই লৌনু
য়াম্না লুবা পাখোঙনি।”
লমদম অমা লৈরম্মী
মশক য়াম্না ফজৈ
কলা সংস্কৃতি শাগোন্নৈ
মীপূম খুদিং নুংশি চান্নৈ
মপূক মপাউ চঙখোল্লি
অদুদগী করি তৌখ্রে?
পূমওন ওনখ্রে লমদমদো
মৈ ফংত্রে, ঈশিং ফংত্রে
বন্দ তোয়রে, স্ট্রাইক তোয়রে
মীনা মীবু ওৎলে;
মীহাৎ মীপুন য়াম্না তোয়রে
খূয়া তুশিংনা লৈঙমদ্রে।
করি লমদমনো হায়রো?
অদুমদি খঙঙে হায়দোক্লরোই কৈসু।
শিংজু বোরা কোংতারে।
তস কমদৌই।

# লাংদোন অমদগী লাংদোন অমা

ইচাশা! লাংদোন অমদগী লাংদোন অমা
তৌদোন অমদগী তৌদোন অমা
খ্বাংজেৎ লাকশিন্দুনা পলেম মমানা
তাকপি তম্বীরি মচাশিংদা
পস্থৌ মানা পুরকই মচীঙাক মচাশিংগী।

মচাশিংদু চাউবে শাংলে,
য়েংবদা পেঙ্গে পলেম পস্থৌনা
চেপথ চেপথ য়েংজৈ মচাশিংদো
মোমোন নোকচৈ, অবাবা কাউথোকখি।

ঙসিদি মচাশিংদু লোইনা পাইবা হৈরে
মানা মানা পাম্বা মায়কৈদা
লোইনা পাইদুনা চৎনম্রে।
লৈহৌরে শোল্লবা মমা মপাদো
শেগায়রবা মকোন্দুদা।

পুন্সি হায়বসি অসিরা!
মচা চাউরগা নুংঙাইনি খল্লম্বা
মমা মপাবু মচানা নুংশিবা
কদায় চৎম্রে হৌজিক্কালসিদা।

## সভ্যতা খোঙ্গাওনবা

মী খুদিং মূর্ত্তি পূজা তৌদে
ধর্ম্ম খেন্নে, পূজাগী মওং খেন্নে
অদুবু, ট্রেদিশন হেবিটেজদি
সভ্য জগৎনা ইকাইখুম্নে।

আফগানিস্থানদা লৈবা
চহী ২০০ হেল্লবা
বুদ্ধগী মূর্ত্তি অসিদি
ধর্ম্মগী থাংমদা লৈববনি
পূম্নমক্কী পূক্নিং শুম্মৎলবনি
ইতিহাসকী তাঙলবা মরলনি;
তুংগী মীবোলদা মবোল লোল্লিবনি।

অসিবু থুগায়দুনা মাঙহনবসি
মীওইবা জগৎকী মাঙজবনি।

## লৈনম চেন্দ্রবসু লৈরাং শাৎলি

লৈনম চেন্দ্রবসু শাৎলি লৈরাংশিং
শেল্লি লৈরাংশিংদুনা লৈতেংশিং

নৈহৎপিনু, হেকতোকপিনু মিনুংশি য়াওদনা মখোয়বু
মখোয়সু থব্রায় পাল্লিবনি মখোয়সু হিংবগী হক লৈরিবনি।

(২০/৮/২০০৭)

## ইপা ইপুশিংদা তর্পন

কংলসি তর্পন
লাইওইথ্রবা ইপা ইপুশিংদা
ইরমদমগী ইতিহাস ধর্ম্ম নাৎ
শেমগৎলম্বা ইনিংথৌশিং
মৈদিংঙু ক্যাম্বা, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র
মহারাজ গম্ভীরসিং, নরসিং
করম্মা কাউসিগে নখোয়বু।

ইরৈবাক্কীদমক ফাঁসি থৌরীবু
কুন্দো পরেংগুম থোন্দুনা
থবায় পোম্বা ওইথ্রবশিং
টেকেন্দ্রজিৎ বীর, থাঙ্গাল জেনরেল
পাউনা ব্রজবাসি, শকথঙদবা লাম্মী।

হে অথৌবশিং
কৌজরি নখোয়বু খুলাম তোয়না
নপারী নমোম ঐখোয়না
শকচ শোঞরি শৈথাজরি
নখোয়গী নতীক নগুণ নথৌনা নরিংজেলবু।

কচ্চবি তর্পন নখোয়গী আত্মাদা
য়েংথবীবকউ মৃৎনাইদ্রবা থব্রায় মীবেনশিং
চহী কুমওন লাকপসিদা,
লৈবাং লৈনমগা লোয়ননা
যেনবীবম্মু শান্তি পাউজেল
লম্মুক লম্মাঙনববা নপাবী নমোমশিংদা।

মতমগী তোৰ্ব্বান্দা, লৈঙোয় শেক্তা মথক্তা
থম্বীবম্বা নখোঙ্গুল লীঙম্নবা
থৌনা লিংজেল হাম্বীবম্মু।
অচুম্বা লম্বী তাকপীবম্মু।

# হিংবগী দাবী

হে তাইবং মীওইবা
নুংশি হৈতেদকো নখোয়সে
করিগী অদুক তমথীবগে।
নচীন্দদি হায়বদাই পাপ পূণ্যগী ৱা
শা উচেক হাৎকনু
অতোপ্পগী হক মাঙহনগনু।

ঐখোয়সু হিংনিংই
ইচা নুংশিবা খঙই।
অদুবু ঐখোয়দি ইরোলসু থোকচদে
ৱাকৎফমসু লৈজদে।

নখোযনা নশাগীতা খনবদা
ঐখোয়বু ইখোঙ ইখূৎ পুনশিনবীবে
ইঙক লৈথোক্লুনা হাৎতোকপীবে
পোক্লবদি শিগনি খঙই
অদুবু অদুম্মদি শিনিংদে।

হে তাইবং মীওইবা
অসিবা নখোয়গী থৌজাল
অসিবা নখোয়গী মিনুংশি
নচীন্না অমা নখূৎনা অমা
নশাগী স্বার্থদা অতোপ্পবু হাৎকনু
ঐখোয়বু হিংহনবিয়ু।

(৩০/৭/২০০৭)

## অকিবা

হে অকিবা
নঙবুনি ময়াম্না কিনবিবা
থৌনা লৈনা হিংঙম্নবা!
হায়নৈ থাদোকউ অকিবা
থাদোক্কে ঙমদে অকিবা।

শিবা কি নাবা কি
নমদুনা শেল লৌবদ্রা কি
য়ূমদা লেক্কে হায়বদ্রা কি
ফাদুনা পুগদ্রা কি
গাড়ী লৌবদ্রা কি
নোংমৈ কাপ্লবদা কি
বসতগী চিংথবীগদ্রা কি।

বন্দ তৌবে কি
কর্ফিয়ু তৌবে কি
য়ূমদা লৈবে কি
লমদা চৎলে কি
মী ফৃবিবে খাম্বা কি
ব্রাকৎলুবা কি
অচুম্বা ঙাঙবা কি
অশেঙবা হাযদোকপা কি।

মাঙদসু অকিবা
তুংদসু অকিবা
নোংপোক্তসু আকবা
নোংচুপতসু অকিবা
খা-ব্বাংদসু অকিবা
অকিবগী অকিবা ঙাক।

কদায়দা লৈ কিদবা মফম
কৈদৌঙৈ লাক্কনি কিদবা মতম
হে মতম কৌবা লাই!
তম্বীয়ু ঐঙোন্দা অমত্তং
অকিববু জয় তৌঙম্বা ঈশৈ।

*(২৫/৭/২০০৬)*

## চেক্লাচাদা

হাদা চেক্লা কৈদৌরে,
নপাং কায়নরবরা নহাকপো,
নদোম নরানয়াই পাংলক্লিসিবো?
চোকথনা নশাদু উরে
ৱানা খপ্লে নশাদু
মঙমদি ইশান শান্দরে
নপিজাশিং শাখপ তোয়খরে
মাঙদা চখৎলু মাঙদা চখৎলু
শীংনরকপদু মায়োক য়াবা তাই।
লেপ্তুনা শিঙ্খা পাওথোকপা তাই
করিগী পৃক্লিং শোঙ্খরি
নপাং কায়নরে হায়দুনা
পোক্লবদি শিবা হৌনশানি
শীংনরকপা পৃম্বা থৌনা লৈনা
মায়রোং য়ারম্মু চেক্লাচা।

# শিঙ্থা লেপকদবনি

ঙসিদগী মতম কক্তনা
থবক শিঙ্থা লেপকদবনি
লম হেল্লবা নখোঙ নখূৎ কক্কনি।
অঙম্বনা য়াথং তাউথরকই।

তাঞ্জাদুদা অঙাং অমা কপখৎলকই
চাক লাম্মে হাযরকই।
লাউবিবসি তাদ্রা ননাদো
মমানা হায়বকই।
চাক চাববু নথৌ লেপ্লদা য়াওগদ্রা?

অঙাং অমনা অমুক হায়বকই
খোঙ হামনিংঙে কৈদৌনি
অসিসু মথৌ লেপ্লদা য়াওগদ্রা
মমাদু চমমনৈ।

নুমিৎ তাশিনখি,
কোবৌ মবানয়াই য়ৌশিনখি
থা থব্বানমিচাক থোবকই
থেঙজিল্লক্লবদা সপ্তঋষি মণ্ডলসু
নোংচুপ হাবমদা লৈথখি।

নোংঙাল্লমদাই য়ৌরে শজিক থবা থোরক্লে।
নোংঙাল্লে মহৌশা লৈমা মীকপ থোক্লে।
হৈরাং লৈরাং মকা ফন্দোরকই
লৈনম্মা শরা শন্দোরকই।

অঙম্বগী য়াথংনা মথৌদাংসি লেপ্পা য়াগদ্রা
অঙাংদুনা অমুকসু নিংঙাই কনখৎলকই
চাক লাম্বনা লোইরে ইমা কপখৎলকই
ব্লাকৎ অমা থাঙ্গৎলকই
লৈসু শাৎলি
উচেকসু পাইরি, নুমিৎসু থোক্লি
মখোয় মথৌ তৌরিসিদি ইমা।

মখোয়দি করিগী শিন্থা লেপ্তুরি?
চাদবা য়াদে, শেত্তবা যাদে
শিন্থা লেপ্পা য়াদে হায়বসি
শিন্থা লেপ্পু য়াথং তাউথরিবশিংনা
করিগী খঙদ্রিবনো ইমা?

(১৭/৫/২০০৬)

## সুরাহীদুগী মরায়বক

শাগ্রবা নুংশাগী মৈশাবক্তা
খৌবাংবনা চবম কংলবদা
নীংশিংলকই ঈংলবা সুবাহীগী ঈশিং।

উবে য়োল্লিবা সুবাহী
অমত্তং লৈদুনা পুরসি খল্লকই
কৈকান্নগবনো মকশুনা হায়বকই,
ঈশিং হাপ্লগা যোল্লগনি লশ্বীদা
মথংগী ষ্টেসনদা ট্রেনদু থুংলে
ঈশিং য়াওবা সুবাহী য়োল্লবে।
লৈকনু লূম্লবনি কৈদৌনগগে
য়ৌদৌবা কুইদ্রে মকপ্লা হায়।

ট্রেন অমুক থাবে
লৈনীং লৈনীং লৈদবে।
নুংশাগী মৈশাদো খাঙবদি ব্রাবে
লীক্লিদা য়াওবিবা ঈশিংদি
মৈ হৌনা শাবে
নীংঙম্লক্লে লৈরক্তবদু সুবাহী।

ষ্টেসন অমা অমুক য়ৌরে,
নুপীমচা অমনা য়োল্লরে;
লুপা অমা পীবদু লৈরে অহুমদু
ঈশিং শোক্কে হোৎনরিঙৈ
ট্রেন অমুক থারক্লে
ঈশিং য়াওদবা সুরাহীদো
ইনাক্তা অদুম থমজিল্লে।
ষ্টেসনদগী অমুক প্লেনদা
য়ূম মায়কৈ পাংলক্লে।
সুরাহীদো লৈহৌরে
কায়নরে নুংশি নুংশিনা।

(১৪/৬/১৯৭৭)

# কৌরি ঐবু খূলাম তোয়না

কৌবি ঐবু অথাপ্পদগী
খূলাম তোযনা কনানো অমনা।
তাবি নাকোংসিনা হন্না হন্না।
কবিগী তূমদুনা লৈবি হৌজিক
নমা ঐনা অসুক ৱাববসিদা।

তাকপিয়ু ইমা নচাদা
কবম্না লাক্কনি ননাক্তা
ঈশিংনা পূমকোয় কোযশিল্লে
এ: ৱাকযৈ অমদি তাউথবক্লে
অদুবু কবম্না লোকসিগে ইমা-ও
ইখোঙ ইখূৎতি পুনশিনবীবে
ননাক্তা কবম্না লাক্কদগে।

## ৱারী অমা লীগে তাও

অঙাংশা! ৱারী অমা লীগে তাও
উচেক অমোমদুনা মশাবীদা হায়জে
ঐদি ইকুম ইথা শুজিল্লক্লে
কদায় ইরুম কোক্কনি?
অৱাংবা উথক্তা ইকোন শাবদি
নোংলৈ নুংশিংনা হুমদোকখিনি।
অনেম্বদা ইকোন শারদি
হৌদোং লম্বোইবা লাক্কনি।

উচেক মতৈ-মনাওদুনা ৱানা মকোল শাজরে
লাবদি মচীঙ্গাক থিরুবে
অমোমনা মরুম কোঞ্জবে
নুমিৎ কযানি হৌখরে
অমোমদু অরাম খৌরাং ফাওখিদে
মকোন্দগী হেন্দোক্তে।

মরুমদগী মচাশিং থোরক্লে
মমাগী অৱা পূম্বা কাউখরে।
মতু মমান খীকতোকচৈ
মঙলান কয়া শাগৎচৈ
খ্বাংজেৎ ফিরৈ লাকশিল্লে
তম্বীরে মচাশিংদা
ইচাশা পাইরো লাংদোন অমদগী লাংদোন অমদা।

লাবনা মচীঙ্গাক থিরুদুনা
মচাশিংদা ইনবীরে
মখোয় লোইনা পাইবা হৈরে
মদোম চীঙ্গাক খুন্দুনা চাবা ঙম্লে।
মখোয় লোইনা পাইখরে
মানা মানা পাম্বা লম্বীদা
হুন্দোক্লম্লে ঙসিদি
অহল ওইরবা মমা মপাদো
নোং য়ুরবা খাংপোকশঙদুদা।

(১৯/৩/১৯৯৯)

# কবি মীনকেতনদা শ্রদ্ধাঞ্জলী

হাদা পঙ্খৌ অশৈবা
চৈজিং পুবেল লময়ানবা
চীং লেম্না ফজবা চেঙলৌ
নঙগী মপোক কুমওন নুমিৎসিদা
উজবদি ফংলবোই।

হে কবি অথোইবা
নঙদি সাহিত্যগী লমদা
চীংদোলগুম্না ৱাংবনি।
নচা ঐখোয়না ইঙক থেক্না য়েংজবনি।

ঙসিসু মণিপুর ইমাগী অশংবা লবুক
কৌব্রুচীং, নোংমাই চীং, লাইমতোল চীং
লেঙদনা অদুম্মক লৈবিদো।
মেলৈ লৈম্না নোংজুমপাল
কদাম্বদি লৈনুংশিনসু
নঙবু খৌবাংনা ঙাইজবিদো।

নঙগী ঙাঙ্গোয় পরেংসু
তত্তনা অদুম্মক লৈবিদো।
হে খোঙ্জেশুবা পঙ্গৌ-ও নহাক্লা
লাইবৈবাক্তগী যেংথবকপদা
লৈকোয়পূংসিদা মোংফম ঙাক্তা উরব্রা?

নচাশিংগী থম্মোয়নুংদা ওমখৎলক্লিবা
মৈগী চীং পোকখায়বক্কনি চিংনববা?
ইমা লৈবাক্কী ঙমখৈ কায়বগনি চিংনবরা?
ইমা লৈবাক্কী ঙমখৈ কায়রগনি মিপাইব্রা?
অসিমদি হায়জনিংই নফমদা
নঙগী থব্রায় মীবেলনা
কুমগী নোংগা লোয়ননা
লমদমসিদা শান্তিগী লাইজ খীকপীরম্মু।
নঙগী মপোক কুমওননা লাকপসিদা।

(১/৯/২০০৬)

## সনাগী লীকতু শিজনিংদে

মমাদুনা শিজিনবী নুপীমচাদুগী ঙকশমদা
সনাগী লীক্লাং পরেংদু ফজরবা
অদুগা হায় চখোক্কনু
মীনা লীক থৎখিনি
মচানুপীনা হায়জৈ মমাদা
ঐ কোয়না চৎতুনা শান্নজগে
সনাগী লীকতু শিজনিংদে।

(৪/৮/২০০৫)

## শর্মিলাদা

মীনদি কৌনৈ নঙবু
নুরা তেমশিংনবী
খরনা মিংথোল্লি নঙবু
আইরন লেদি
ঐনদি কৌই নঙবু
নীংতম পাউজেনবী।

নঙনা অফ্সপাবু শীংনদুনা
চরা হেনবা হৌরকপদা
লাকখি ঐহাক ননাক্তা
নঙবু থেমজিনবা কৈশুমশঙদা
তৌরুনু হায়না।
নঙনা য়াখিদে
ইকায় নুংশিনা হল্লকখি।

লৈবাক্কে কৌবী লৈরাংনা
কালেনগী লৈতংগায়
থিনগায়দুনা লৈশাং তল্লকই
মালেমদা লৈনম য়েল্লকই
লৈরাং শাংলে তাক্লকই।

হে নীংতম পাউজেনবী
নঙগী থৌনা নঙগী অখাঙকনবা
লৈরাং লৈবাক্কেদগী তম্বরা?
নঙগী থোংলবা থম্মোয়দা
অদুক কনবা থৌনা লোৎপরা?

মীনাই পুন্সি লেনবদগী
নীংতম্মা নোংমতং হিংবনা
হেন্না ফৈ খনববা
চবা হেন্দুনা শিববু
অদুক লাযনা খল্লিবা।

নঙগী নথৌনা নবিংজেল
মালেমদা তাঙনা থোক্লিবনি
নঙনা য়েল্লিবদি শান্তিগী পাউজেলনি।

মালেমদগী অফসপা মৃৎপ্রসনু
মীওৎ-মীনৈ, নমজা নমথেক্লবা
মীনা মীবু হাৎপা তোক্লসনু
মীপূম খূদিং নীংতম্মা হিংলসনু
মালেমদা শান্তি পুবক্লসনু।

(১১/৯/২০০৭)

## লুংনিলা এলিজাবেথতা

করি ৱাহৈনা ফোঙসিগে
নহাক কায়ন-মৈচাকসে
পেৎহল্লে নঙনা থম্মোয়সে
কপহল্লে ঐখোয় পুম্বসে।

মণিপুর ইমাগী মমোমলোয়
লুংনিলা এলিজাবেথ নুংশিবী
করি মতৌবু কৌবগে
থোক্লিবা থৌওং অসিবু
নোংদম্বগী নোংদমখোল্লা অসিবু।

হায়নৈ পোকপা শিবদি
মপু মাগী থৌশিলনি
অদুবু নঙগী মীশি অসিদি
য়াম্না পেন্দে, নীংঙমদে।

নঙদি হনখরে নীংঙাইদনা
মপু মাগী মশাইগোন্দা
অদুবু য়েংথরকউ লাইরম্লেনদগী
মীয়াম্না শীন্থুরিবা পিরাংসে নঙগীদমক।

হে পীক্লিবী শান্তিগী পাউজেল পুবী
হোবে হোবে মালেমদা খোঙদারম্লগা
চাউরবা থৌদাং পাঙথোক্লম্লে নঙনা
কাঙলূপ মশেল নুংশিনহনবগী।

লৈয়ুকো নহাক মপুগী নাক্তা ঈংনা চীক্লা
নঙনা পীরম্বা শান্তিগী পাউজেলদুনা
পুরকপা ওইরসনু তপথবা ঈংথবা
চরাঙনবা লমদম অসিদা।

ওম শান্তি ওম শান্তি ওম শান্তি।

# হাৎতোকপিনু ইমা ঐবু

হিংহনবীয়ু ঐবু ইমাইবেম্মা
হাৎতোকপিনু ঐবু ইপা ইবুংঙো
ইরাল লৈজদবনি ঐদি
করিসু খঙজদ্রিবনি ঐদি
উজনিংই তাইবংপানবু
উজনিংই কোরৌ অপানববু।
তাজনিংই পোম্বী চেক্লাগী শৈরোল
য়েংজনিংই হৈরাং লৈরাংগী মীনোক।
কিজৈ ঐদি চাওখৎপগী যন্ত্রদো
তাইবং ফাওদ্রিঙৈসিদা
ঐহাক নুপীনি হায়বা খঙবীরে
অদুগা ৱারেপ লৌবীরে হাৎতোক্কদবনি।
য়াবীগনু ইমা নহাকসু নুপীনি
ঐবু হাৎতোকপিগনু, ঐবু হিংহনবীয়ু
হিংজনিংই ঐহাক নখোয়গীলক্তা
চৎচনিংই ঐহাক থা থৱানমিচাক্কী লমদমদুদা,
শান্নজনিংই চেন চোংদুনা প্রকৃতিগী মশাইগোন্দা
পীবিয়ু ঐঙোন্দা হিংজবগী হক।
ঐবু হাৎতোকপিনু, হিংহনবীয়ু ঐবু।

## লৌরক ঙাক্রাগী ব্রাকৎ

শান্নজরম্বনি ঐহাক
ইচা ইশুগা লোয়নদুনা
চেন চোংদুনা ফৌনারক্তা।

কারামজাউবা হে মীওইবা
পোখোক হেন্না পাম্বদগী
চাইশিনবীরে লবৃক্তা নখোয়না
হূ চেল্লবা ময়াক কল্লবা হার
হাৎতোকপিরে ইচা ইশূ লোইনমক।

ইকোন থাদোক্কুনা চেল্লক্লে ঐদি
কিনা কিনা হিংজরি লোইজি লোয়াদা।
শান্নজনিংবনি ঐহাক
ইচা ইশুগা লোয়ননা
চেন চোংদুনা ফৌনারক্তা।

হে তাইবং মীওইবা
নখোয়না ফংহনবীয়ু ঐখোয়দা
অদুগুম্বা নীংতম্বা পুন্সিদু।

# অসিরা পুন্সি হায়বদো

হে পুন্সি ঙকইদকো নহাকসে।
ফংগে তানবনি করিগুম্বা অমা
ফংবা ঙমদনা হনখিবনি কয়া অমা।

নোংমা নোংমা হৌখি পুন্সি
তৌরম্বনি আশা নুংঙাইরকখিনি
মঙ্গবক্কি হকচাংদি, শোঙ্গরক্কি ৱাখলদি

হে পূক্কিং ঐবু পোখাহল্লু ঙহাক্তসু।
কপ্লি নীংঙমদনা থৌপাংবা ঙমদ্রে খন
ৱারৌনু ঐবু হে পুন্সি।

থৌদোক খূদিং পোলোই লৈ
অৱাবগীসু পোলোই লৈ
পাক্লবা ঈপাক্কীসু ঙমখৈ লৈ
হিহোনবশিংনা হোল্লি য়ৌনবা ঙমখৈদু।

মাঙগী লম্বীনা শাংহৌরবা
তুংগী লম্বীনা তেল্লক্লবসিদা
ঐনা তোংলিবা হিসিগীদি
পম্বুং উদে ঙমখৈ খঙদে
মদোম কপচবনা অপেনবা ওইজরি
ৱাহনবগীদমক ঈশ্বরদা তাইশিল্লি
অসিরা পুন্সি হায়বদো।

## মতমগী য়াওল

করি মতৌনো তৌরিসিবো
মথক মখা ওন্নরেনে।

পীরুম্বনা চাউরকই
চাউরম্বনা পীরুকই।

ৱানোম হৈবনা চাওখৎলকই
ধর্ম্ম কায়দবনা হম্বুরকই।

মখা থংবনা মথক থংবদা
লাউরকই— নঙ ঐবু কিব্রা?

কদায়দা লৈপ্লবগে হে ভগবান
নহাক্লা হায়খিবদাই অর্জ্জুনদা,
"যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভাবত
অভ্যুত্থানমধর্ম্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম।।
পরিত্রাণায় সাধুনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম।
ধর্ম্মসংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে।"

লাক্লো য়ৌরে মতম
অওনবা পুরকপা মতম।

## ব্রহ্মপুত্র উরুবদা

ঈচেল কল্লবা ব্রহ্মপুত্রনা
অহিং নুংথিল খায়দনা
লেপ্পা লৈতনা চেম্ছুরি
মপুগী শিম্থা পাঙথোক্লি।

মাগী পাক্লবা ঈপাক্তা
লৈস্নৈনা জগোয় শাজবি
হিরোয়শিংনা নৌবু পায়দুনা
নোংমগী চেঙজেল তাঞ্জবি।

নুমিদাংৱাইগী মতমদা
মাগী পাক্লবা ঈপাক্তা
নুমিৎকী মশেক্লা য়ৈবদা
লীক্লাই মহীবু মালহল্লি।

চাক্তারুবা উচেকশিং
মরান শাখপ তোয়রকপদা
মতম্বাক্কী কাওশিংদা তোংদুনা
অবা পোত্থাবা ফংজরি।

মাগী শক্তম য়েংলুবদা
ফজবগী ফজবা ঙাক্লি
মগুণ লৈবা মহাক্লি
মপাঙ্গল কনবা মহাক্লি।

ঈপান থাগী মতমদা
মাগী ঈমায় চোল্লকপদা
মাগী অকি শক্তমদা
জীবনা তুজুংবা পোক্লবি।

ব্রহ্মপুত্রনা ঈচাও থোকহনবদা
ঙা ফাবগী হিনাওশিং
লায়ববগী খাংপোকশঙশিং
মানা লোইনা মাঙহনবী।

ঈপাক্কী লুচিংবা ব্রহ্মপুত্র
মিনুংশি খঙদ্রিবা কবিগীনো
নতীক নগুণ ময়ামদো
শান্তিগীদমক শীজিন্নবসি।

(৫/৩/২০০৩)

## ব্রহ্মপুত্রদা পাউমেঞ্জবা

হে ব্রহ্মপুত্র, ঈপাক নিংথৌ পাঙ্গনবা ·
ফজৈদকো নহাকসে য়েংবগী পেনবা নাইদেদা।
নঙগী লাইজ ঈপাক্তা
কোরৌ মশেক্না য়ৈবদা
লাইজনা নীক নীক খাঙজরি।

থক্তোরকপা মঙালনা মায়কৈ শীন্না লংহল্লি।
নতম্বাক্তা কৌশিংনা য়াঙনা লমজেল তান্নরি।
নথানুংদা লেমলৈনা মনীংতম্না শান্নজরি।
হিরোয়শিংনা ৱাকয়ৈ হিবু তোংদুনা
লৌগী জগোয় খুৎথেক্না লেম্লৈ মাবু শীংনরি।

চাক্তারুবা চেক্লাশিংনা মরানয়াই তম্নকপদা
ঙাইহাক অৱা লমদল্লি
নঙগী ঈপাক্কী কাওশিংদা।
য়েংউ য়েংউবা মায়কৈ খুদিং
মীৎফম হোংবা য়াদেদো।

অদুবু ইপান থাগী মতমদা
লাইজনা ঈমায় চোল্লবদা
ঈরাওখোলগা লোয়ননা
নঙনা অকি শক্তম উখোক্লবদা
জীবদা অকি তুজুং পোকহল্লি।

হে নুংশি হৈতনা নহাক্লা
লায়ববগী খাংপোকশঙ
লেপ্লে তাঞ্জবশিংগী হিনাওশিং
লোইনা তুম্না মাঙহনবী
কবি মতৌনো কবি থৌদৌনো
হে পাঙ্গনবা, ঈপাক্কী লুচিংবা।

নপাঙ্গল কল্লি হায়দুনা
অশোন অনাদা মিনুংশি খঙদবা তৌগনু
নঙগী নথৌনা নপাঙ্গল
যাইফ লম্বীদা শীজিন্নসি
মালেমদা শান্তি পুবকসি।

## মীওইবগী আশা

মীওইবনা আশাদা হিংলি
আশা য়াওদ্রবা মীদুগী পুন্সি লৈকংলাগা পাংখকনি হাযনৈ;
থেঙজিল্লক্কবা মতমসিদা
আশা অমদি থন্নি লমদমসিদা শান্তি হঞ্জিল্লকখিনি।

## মতম কৌবা লাই

হে মতম কৌবা লাই
নঙবু মশক খঙনিংই
নঙগী নতম্বাক্তা
সভ্যতা কয়া শেমগৎলকখি
কয়া অমনা ঈরোন্নুংদা লূপহনখি।

নুংশিবা চান্নবা কায়নবদা
খাঙঙমদবা কায়না মৈচাক্তি
হে মতম নঙনা হৌশ্রগা
তপ্না তপ্না খাঙমহল্লকই,
কয়াদা হৈশ্রবা নঙগী থৌজালনো।

হঞ্জিন হঞ্জিন ওৎলবদি
করম্না খাঙবা ঙমগনি
মতম নঙনা তাকপীয়ু।

হৌখি পুন্সি নোংমা নোংমা
পাঙথোক্লে কয়া নীংবনি
ঙমদনা অদুম হৌখরে
হে মতম কৌবা লাই
নঙদি উনা উনা মাঙদা চেনখি
তুং হন্না অমুক্তা য়েংবীরমদে
তানগে হোৎনৈ ঙমহৌদে।
নঙনা করি পাউজেলবু
পীরিবগে ঐখোয়দা।

# খন্থবা মতম য়ৌদ্রিবরা

ঐখোয়দি তোপ তোপ্পনি
অতৈনা মতৌ তমঙমলোই
মালেমদা অনী শুরল্লোই
পেন্থোকপদা মপা লৈতে
মৈ ফংদে থৌশাবীদে
ঈশিং ফংদে নাচুংবীদে
তলব ফংদে কৈদৌরুনি
জগোয়দুম শাদোকই
থাবলদুম চোংথোকই
তৃমখুন হুন্দুনা লৈথোকই।
মসিবু অসুম্মক ফরবরা?
খন্থবা মতম য়ৌদ্রিবরা
হে ঈরৈবাক মচাশা!

## ধ্যান তৌবা

ঋষি জ্ঞানীশিংনদি তাকপী
পৃক্লিং তপথৌ
পবমাত্মাদা চঙজৌ
শান্তি ফংগনি শোযদনা
ধ্যান তৌগে মীৎ উইশিল্লি
মাযাগী কৃষ্মেঙাক উহল্লি।
ফাদুনা পুবীশ্রগা হাৎতোকপিবা
ইজ্জৎ মাঙহনবীবগা হুন্দোকপীবা
লায়ব খাঙপোকশঙবু মৈ থাদোকপীবা
মমা মপা লৈত্রবা চাক্লীবা অঙাংশিং
মথং মথং উবকই
মীৎ উইশিনবদা
ধ্যান তৌবগী।

# মঙলৈবাক্তা

ঐনা চৎলি মঙ লৈবাক্তা
নুংঙাইরবা মফম অমা লৈ হায়
মদু থিবা চৎপনি।
মফমদুদা মীশিং না-য়েক তৌদে হায়
মীশিংদু অহল ওইশিন্দে হায়
অহল ওইদ্রবনিনা মচা মশুনা থীনা তৌদে হায়
পুন্সি নুংশাংনা লৈ হায়।

মফমদুদা লান তৌদে হায়।
হিংচা য়াইতম্বা লৈতে হায়
মীহাৎ মীপুন লৈতে হায়
নমদুনা শেল খায়বা লৈতে হায়
নুপীবু নমজা নমথেকপা তৌদে হায়
মীনা মীবু ওৎতে হায়।

খঙহৌদনা লম্বী থিবা খঙখিদে
লবুক লমহাঙদা কোংকৃৎ মরক্তা চৎলি
লম্মাঙনখি ঐ
মফমদু য়ৌবা ঙমখিদে।

# অচুম্বা বিচার

করম্নবু হিংসিগে
হিংবদা লুরবা তাঙ্গাসিদা
কবি থবক তৌসিগে
পুক্সি লানফম অসিদা
চাবগী, শেৎপগী, লৈফমগী ব্রাংমদা
সমাজগী কান্নগদবা থবক অমত্তং
খল্লিবসি করম্বা থবক্লো
ওমখৈ খনবগী খোঙজংলা?
মিংচৎ উরোং খিনবরা?
অদুগী করি পাম্বে শীজিন্নগনি?
ধারনা, বন্দ ব্লোকেদনরা?
খূৎতা খূৎলায় পায়দুনবা?
করম্বা মায়কৈদা চৎলগা
পম্বুং অদু য়ৌগনি?
অকন শাবনা অশোনববু
মিনুংশি য়াওদনা ওৎপীরবসিদা
মমা মচে মচলদা শারাক তন্নবসিদা
কনানা ব্রাকৎকনি
করম্না, অচুম্বা বিচাব ফংগনি?

(২৪/৭/২০০৭)

# লোক্তাক পাৎনসু তেংথারি

হে ইমা মণিপুর
নওগী চীংয়া তময়া, লোইজি লোয়া
ফৌ চরোংনা চূন্নবা লবুক
পনখৈদা লেপ্লিবা চীংশাং নাপোমশিং
য়েংলু য়েংলু খূদিং,
উরু উরু খূদিং
মীৎফম হোংবা য়াদেদা।
অদুবু ইমা নুংনাংদবদি ঙমদেদো
লোক্তাক পাৎনদি তেংথারিদো
ফূমদিনা ইফূন ফুনগৎহনবদা
নুংশাম্বর হোনবদা ব্রাহল্লেদো।
ঙারোই ঙারা ঙাতিন পেংবা
লৈবা ঙমদবনা চেনখ্রে
লমদমসিদগী ধার মূৎখরে
ইমা! অদুতসু নত্তেদো
নম্বুল তুরেলনসু ব্রাকৎলি
মাগী মতম্বাক্তা হিহোন্দুনা
লল্লোন ঈতিক তৌহন্দুনা
মীগী কান্নবা তৌরম্বনি।
অদুবু হৌজিক্তি অমোৎ অকায় থাদবিদুনানা
ঈচেল ফুনগৎহনখ্রে
চন্দ্রনদীসু ঈচেল লেপহনবিখরে।

লম্ফেল নাব্রা কোম্বীবে
শাৎখিদবে লম্ফেল পাৎতা
লমদমসিগী পাৎ কয়া ফুনজিনখ্রে
চীং কয়া তেমথোকখ্রে
নঙগী শক্তম কাযহল্লে
অসুক নীংথিবা লমদমসে
অসুক নুংশিবা লমদমসে
মিনুংশি য়াওদনা থুগায়বা
তৌহৈদবা লীচৎনি।
অদুবু মাঙবা য়াবোই নহাক্তি।
মণিগুম লংহনগনি মালেমদা
নপাবী নমোমশিং চাউবক্লে
ব্রাকগনু পলেম-ও।

(২৩/১০/২০০৭)

## নাইতোম তাবা পুন্সি

মীনা কৃক-কৃক ইন্নরিবা
চিনখ্রবা লম্বী অসিদা
চৎলি ঐসু মীয়াম মরক্তা
অদুগা করিগী ঐহাক নাইতোম তারিবা।
ঐগী পৃক্লিংগী ব্রা, ব্রাখল
খঙবীদ্রবা, তাবীদ্রবা
উশিন্নদ্রবদি মাগী ওইবা মীশিংনা
নাইতোম তাবা ওইরে পুন্সি মাগী
অহল ওইরক্লবা মীওইশিংদা।

(২৬/২/২০০৩)

## মাবু অঙাওবনি হায়বীরে

মীশিংদুনা হায় মাদি ঙাওরবনি
অমনদি হায় ঙাওশিন্নরিবনি
ফৃদৎলগা মরাইনা ফজনি।
মাবু চৈবীরে, ফৃবীরে
মশাদগী ঈখেঙ শীস্থরে।
মুরুম মুরুম শোল্লি মহাক্রুদি
হংলি মহাক্লা মখোয়দা
ঐনা নখোয়গী করি মাঙনবা তৌরবগে
ঐহাক অসুম্না অদুম হিংজগে।

(২৬/২/২০০৬)

## ঙাইবা

ঙাইবমুক ৱাবা অমা লৈতে
মতম্না কনাবু ঙাইবীদে
কনানা নোক্লি, কনানা কপ্লি
মতম মঙোন্দদি চপ মান্নে।
হায়নৈ মতম্না পুরক্কনি শান্তি
ঙাইবা হৈয়ু, ঙাইবা কল্লু।
কয়াম কুইনা ঙাইখিগনি
মালেমদা শান্তি হঞ্জিলহন্নবা।

(২৬/২/২০০৩)

## হাইদোক্লো মায়খুম ইমা নওগী

য়েংউ য়েংউ নুপীমচাসিদা তৌবীরিবসে
মশম ফোয়বীরে, মখজাইদা থাজিনবীরে
মফি শেগায়বীরে, শারাক তম্বীবে।

হোৎনজৈ নাম্থোক্লবা নুপীমচাদুনা
মখোঙ মখূৎ পুনশিনবীরবনিনা
করি উপায়দি লৈরি?

কপচৈ, লাউজৈ, কনবিনবা হায়জৈ
অতাবা, অউবশিংনা হায়নৈ
চঙউ-লাকউনু, দষা তাজনি।

বিচাব লোয়শঙদা ব্রাকৎলুবে
বিচাবপতিনা হায়— শাক্ষি পুবকউ
অউবনা উদে অতাবনা তাদে
অবানববু অচুম্বনি হায়নববদা
লৌকনি শাক্ষি কদায়দগী।

মিনুংশি হৈত্রবশিংদুনা মখৌ পোংনা হায়
ঐখোযনা তৌনিংবা তৌবদা
মপা কনানা মোদোল্লে চিল্লনি?

অচুম অরান খাইবী লাইরেম্বী নঙদি
মীৎস্না থম্বালদু খুমজিন্দুনা
নীংঙাইদনা ঙাম্থোইরি
বিচারপতি নাক্তুদা।

হাইদোক্লো ইমা নঙগী মায়খুমদো
মীৎয়েং তাবীরো নমোমশিংনা ৱারিবসে
মাবু তৃক্কৎচনা য়েংবীরিবসে
মানা ইকায় ফিরুক খুম্লিবসে
হাপ্পীরো মথৌনা নমোমশিংদা
লাম্ছেংনবা ঙম্নবা মপুঙ্সিদা।

# মৈরা পায়বীগী মৈরা

ইচে চাউবীদো ওরাং
লৈত-লায়রগী, মচা মাঙখিবগী
লোন্না বাতান্নজবনি চাউথোইগা।
মরূ কোকপীরে, কন্যা কৎপীরে মখোয়'নীদো।
ফাদুনা মৈরা পায়বীশিংদুনা।

লমলেমগী মচী অমদা
শঙতপ মচা অমদা
মাধব মতৈ মনাওদো
নীং নীং হৌগৎচরবনি।
শিংজু হৈজু য়োন্দুনা।

চাইখাইবীরে মপোৎ মচৈশিংদো
মৈবায়বীরে শঙতপতো
মৈরা শঙ শানবনি হায়
মৈরা পায়বীশিংনা হায়।

ঐজ্ঞা মংলেমগী মচানুপাদু
বায়োং কয়া হূকতমাল্লে
মীয়ান নুপী অমা চেল্লক্লে
হান্না শকখঙনরব্বীদুসু মদোম অদুম চেল্লক্লে।

ঐজ্ঞা মংলেম মাথা শাই
মৈরা পায়বীগা ৱারী শাই
উচিন নাচিন্না নুপী অমদি খাইদোক্লম্রে
শেলদি ফনা তিংজখ্রমাল্লে ঐজ্ঞা মংলেমদো।

মৈরা পায়বীনা পায়রিবা মৈরাসে
অচম্বা মৈরা নত্তেদো
লমদাইবুংগী লাইমাঙদা
হৈরাং লৈবাং কত্তুনা
চূখৎখিবা মৈরানি
লান্না শীজিন্নফরোই
শান্তিগী মৈরানি কাউফরোই।

(১৮/১১/২০০২)

# ঐ ঐ ওইনা হিংজগে

ঐ ঐ ওইনা হিংজগে
নুপীমচাদুনা ফনা লাউজৈ
নাচুংবীদে থৌওইবীদে কনানসু।

মদোম হোৎনৈ মথক্রোমদা কাখৎকে
আকাশবানী লাউথরকই–
তৌহৈদে, মদু কাফরোই।
নুপীদি উ কাবফাও তৌফরোই
নুপীনা উ কারুরবদি
তলা পামেলদু তাউজিং হৈ পাল্লরোই।

মহাক লৈখাদা অমুক কূমথরক্লে
মায়কৈ অমদগী লাউরক্লে
নুপীদি খোংদ্রুম মাইরেল খায়ফরোই
নচা নশু শোইনাইনি কিদ্রা?
মদু তাবদা মহাক ফাক ফাক নোকথোকখি।
অমুক্কসু অসুম্না লাউরকই
নুপীদি অদুম্না নোকফরোই
মোং হারোইদবনি, নখোঙ লাউনা থাংফরোই
মীনা করি হায়ননি, নঙ নুপীনি।

ফনা শাংনা চঙশিল্লে লম্বীদো
ঐ ঐ ওইনা হিংজগে লাউজখিবনি
অদুবু ফৃক্তুনা থাবীরে মাবু অনৌবা লৌফম অমদা।

হন্দোক্লম্লে মাগী মতা লাইথি
মখূৎনা ঈশিং চাইজরম্বা
হৈরাং লৈরাং পাম্বীশিং
লোইনা ইখূই খূইথহৌরে
নুংশিনা লোয়নজরম্বা পোম্বী চেক্লাশিং
থাদোক্লম্লে পূম্নমক।

নৌনা অমুক তাকপী তম্বীরে
নপুরোইবদি লাইনি নীংগদবনি
মানা তৌরিমখৈ য়াগদবনি
মাগী পলেম পষ্থৌবু নঙনা পেলহনগদবনি।
অহল লমন নপুরোইবনা চাদ্রিখৈ
নহাক হান্না চারোইদবনি।
মবুক লাম্বনা তৎলবা মহাক্তো
ময়াম্না চাবা লোইবা ঙাইজখি।

লাইগুম লাৎচবা মপুরোইবনা
নুংশিনা সেবা তৌজবা
মনেম মকুনা ওৎপী নৈবীরে
অউনপোৎ য়ামদে হায়বগী
মখৌরী মেৎলসু, শারাক তম্বীরসু
মহাক অদুম খাঙজখি
অখাঙ কনবী মিংথোলদি ফংজখি।

মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না
শিয়োম্মুংদা নাউপুরে।

মমা ওইদৌরে হরাওজৈ
মচা চাউরা নুংঙাইনি খঞ্জে।

মতমগী খোঙচৎ লেপ্পা লৈতে
চহী ঝায়শিল্লকখি, অহল ওইরকখি
ঈশ্বরগী নাম তাবা চৎচনিংই
মরূপ-মপাঙ উনজনিংই
মচানুপানা হায়বকই
অহল ওইবদি কোয়চৎ চৎকনু
নশূ শেন্নদুনা লৈয়ু।

ঐ ঐ ওইনা হিংজগে
লাউনা লাউনা লোইশিনখ্রে মপুক্সিদো।

(৪/৯/২০০৭)

# ঈশ্বরদি অমত্তনি

ঈশ্বরদি অমত্তনি
মাগী মিংলেনদি কয়ানি
লাইনীং লম্বী অমত্তনি।
ঈশ্বর মাদি অমত্তনি
ঐখোয় মাগী মচাশিংনি।
ঐখোয় ইচীন ইনাওনি
খেন্নবা লৈতে ঐখোয়'লক্তা
নুংশি চান্নবা হিংমিন্নসি
ঐখোয় পূন্না হিংমিন্নসি
ঐখোয় পূন্না চঙমিন্নসি
ইমা লৈবাক্কী সেবা তৌরসি
মালেমদা শান্তি থন্নসি।

*(১/৪/২০০৪, শিবরাত্রি নুমিৎ)*

## চুথরো নোং

খৌগংলবা মালেমসিনা
ঙাইজখি মহাকপু খৌরাংনা
খুইথরবা হৈপাল লৈপালশিংনা
লাইজ ঈখৌ লাংজরি।
অঙাং নাৱাশিংনা শৈশক্লি
নোং-ও চুথরো
পাৎশোই নুরাবী তেকখৎলো
হনুবা হনুবী তাউথরো।

নাৱা শৈহেক তাবদা
চুথরক্লে নোং
অতৎ অখম লৈতনা
তোক্লো হায়বীনবা লৈত্রবনা
হৈথরে জম জম
লেপ্লা লৈতনা নোংনা।

লৌনম্বাল নীংখায়রে, চীং নীংখায়রে
তুরেল পাথোক্লে, তোর্ব্বান কায়রে
উপাল-ৱাপাল ফৃক্তোক্লে
চেক্লাশিংগী মকোল মহুম
লোইনা মাঙ তাকহনবীরে।

লায়রবগী খাঙপোকশঙ লোইনা ইস্থুবীখরে
শা-ষণ লোইনা চেন্থদুনা পুবীখরে
জীবশিংগী অৱা পন্থেংলে।
খামদবা য়াদ্রে খল্লদুনা চোংথোরক্লে পলেম মানবী খরনা
থেন্নকই নোংদা হন্না হন্না
করি মতৌনো নোং, অদুক নুংশি হৈতবা?
তোক্লো তোক্লো হেনমল্লে।

অশাউবা থাদোক্লো, হিংসা থাদোক্লো
ঈংথরো তপথরো হো নোং-ও
বিশ্বজগৎকী য়াইফনবা তৌবীরো।

(৪/৭/২০০৭)

## থম্মোয় লাইমন ওইহৌরে

হঞ্জিন হঞ্জিন ওৎপীরে
মরাল লৈজদবী মহাক্তো
নমদুনা ইক্তজৎ মাঙহনবীরে
মিনুংশি হৈত্রবা শা ওল্লবশিংদুনা।
হঞ্জিন হঞ্জিন হংবীরে
মিনুংশি চাউবা কয়ানা
পাকশন্না শন্দোক্রে
মিনুংশি য়াওদ্রবা থৌওংদো।
নোক্লবিরে হঙ্গোইবীরে মহাক্তো।
মিনুংশি খওদ্রবা মবাল লৈরবশিংদুদি
লোৎশিন্দুনা থম্বীখ্রে মিনুংশি চাউবশিংদুনা
মাবু দন্দি চৈরাক ফংহন্দ্রে।
মরাল লৈজদ্রবী মহাক্তুদি
ইকায় ফিরুক খুমহৌরে
থম্মোয় লাইমন ওইহৌরে।

## চুমথাঙ খনবা উরুবদা

খুৎশেম হৈবী লাইয়েকপী
নঙনা কোরৌদগী মচু লোক
নোংলীক্তা তুরীনা লূপ
য়েক্লি নঙনা নীংথিজরবা
মচু তরেৎকী লিরুংসে
অতিয়া চবূক ফাওনা লেং।

মহৌশা কৌবা হৈশিংবী
তৌথোরকপদা চঙখোনবী
চিনখ্রেদকো নথৌসে
নঙগুম্বী লৈতে মরম ওকপী
পূম্নমক্না য়াতানম্রবসু
লেপ্তে নথৌ নহাক্তি।

নোংঙাল্লমদাই য়ৌরক্লে
শজীক থবা কৌথোক্লে
চীংখৈ ফিদুপ হুল্লক্লে
তাইবং জীব য়াকাইহল্লে।
তন্না অমুক হৌদোক্লে
নপারী কোরৌহনবসু।

পলেম য়াথং ইন্দুনা
সনা অহীংবা ফিজোল হোংলদুনা
য়াঙ্গোই খূরুপ থারদুনা
তাইবং শিন্থা য়েন্নবা

নোংপোক মায়কৈদগী
নোংচুপ মায়কৈ খোঙশাল্লক্নে।

কোরৌ মশেক ফংবদা
পোমদুনা লৈরম্বা লৈরাংশিং
মোমোন লৈশাৎ তম্লক্নে।
পোম্বী চেক্না পূম্নমক
অতিয়া মকোয়দা হরাওনা
কোইপাই পাইদুনা শান্নজরে।

নুমিদাংৱাইরম য়ৌরক্নে
কোবৌনা নোংচুপ চীংয়া য়ৌরক্নে
থক্তোক্লকপা মঙালনা
অতিয়া পূম্নং লংহল্লে
শক্নোন পুবী লৈচীলদা
অঙাঙবা অবীর তৈবীরল্লে।

চাক্তারুবা চেক্নাশিং
মচাশিংগী মচীঞ্জাক পুরদুনা
মরানয়াইদা হল্লক্নে
পীজ-পীথক তৌবিরদুনা
মচা কোন্দুনা পোখারে।
লোইনা তূমখুন হুনখরে।

অদুবু পোখাবা লৈতে নহাক্তি
অতিয়াগী কূম্মৈ হৌহল্লে
থৱান লৈরাং শাৎহল্লে
তগুপ তরেং ঙালহনখ্রে।
থাজ মাসু কৌথোক্নে
অমম্ববু ঙালহনবীরে।

অতিয়া চবূক ফাওরদুনা
নিংথৌ তুরেল চেলহল্লে।
সপ্তঋষি মণ্ডলসু
লোত্তুনা লৈবা ঙমহন্দ্রে
নহাক্কী কৃশ্মে ময়ামসে
ধ্রুবতারানা য়েংলি মমীৎ কৃপ্তুনা।

থাজগী মঙাল ফংলবদা
থরোসু মিনোক তমজরে
থাবল্লে কৌবী লৈরাংনা লৈনম চাইথোক্লে
নোংইন চেক্লা মহাকসু
তৃবৎ তৃবৎ পাইরক্লে
অতিয়া মকোয় থুংনবু।

নুংশি মৈশা লাংলবা
শাবী শানৌ কয়ানা
থাজদা পাউদম্লি নুংশি ব্রারী।
পৃক্লিংগী অব্রা পোত্থাজরি
হেদৌ থাংলিবা নহাশিংদদি
পাউমেল্লি অসুম্না—

নহা ওইরিঙৈদা
নহে তানশিল্লু
মিংচৎ উরোং খিল্লস্মু
লোইবা নাইবা মপোক্লি।
লৈহৌনি লেঙদনা অতিয়া কৃশ্মেদি
চূমথাঙসু অদুম খনগনি।

(১৬/৯/২০০৭)

## লানগী ট্রেনিং

কৃষ্ণ জন্ম নুমিৎনি
নুপী-অঙাং, অহল-লমন
মন্দির তম্না চৎনরি
হৈ-লৈ পুরক্নি
লাই খুরুম্নবা লাক্নরি।

মন্দিরগী হোজঙদা য়োল্লিবা
শান্নপোৎশিং উবদা
নিংঙাই হৌবকই অঙাংদুনা।
মশূনা পামজবা শান্নপোৎশিং
অঙাঙবা টুপী, মৈঙাল থোকপা নোংমৈ মচা
লৈবীবে মপুবোক্না
হবাওহল্লে অঙাংদো।

মপুবোক্কী মনমদা নোংমৈনা নম
খংলাউ লাউবকই মশুনা হেন্দস অপ
খংপ্রেক খংই মপুবোক
মখূৎ খংথাং থাংগৎলি
খূৎতগী খংতা তাখি লৈ-পোলাং।

*(কৃষ্ণ জন্মঅষ্টমী, ২০০৭)*

## কায়নবদা

নুংশিবী নহাক শাউরবরা?
করিগী অদুক ৱারৌরিবনো?
নঙগী চেঙলৌ উদবদা
কবম্না খাঙলি ঐনা
নহাক খঙবা ঙম্নিরোই।
নঙদি চৎখ্রে হন্দোক্লনা ঐবু
শবৎকী থাবলদা মাল্লিকা মখোঙদা
শামিন্নখিবা নুংশি ৱাবী
কাউববা নঙবু চান্নবী।
অদুঙৈ চৈরাওচীং কাঙৈদা
নঙগী নাপ্লদা থেৎপীখিবদো ঐনা
মেলৈ লৈস্না নোংজুম্পাল
কদাম্বদি লৈনুংশি।
খোঙদোইরক্লে মেরা থা
শাবী শানৌগী ওইন-থা
নীংশিংহল্লি অদুঙৈগী ৱারী।
অহীং তাংলৌ থেঙলবদা
থাবল্লেগী লৈনম ওই,
নিংথৌতুরেলগী থৱানমিচাক ওই,
ঐগী ইতৌ য়েংবরা?
নুংঙাইনা লৈয়ুকো চান্নবী
স্বর্গ পরিজাৎ মরক্তা

নঙগী নুংঙাইবদা
ঐগী অপেনবা ওইরগে।
দ্বীপাণিতাগী মৈঙালদা
খুৎশম্নদুনা চৎমিন্নখিবা
নুংশি ৱারী শামিন্নখিবা
কয়াদা পূক্লিং নুংওনশ্রবা!
নৌহৌনা লাকই নিঙোল চাক্কৌবা
নমান্নবী খোইনৌশিংনা
মপাম লমদম পাংলকপদা
থম্মোয় লাইমন ওইরেদো
লাকখো নহাক হল্লক্লো
লোক্তাক পাৎতা থরো থম্বাল হেক্লুসি—
খংহল্লখো ঐবু তুংলোমদগী
খুমজিল্লখো নখূৎ অনীনা
ঐগী মীৎস্না অনীবু
ইরাই লাইনা ফোঙবীগে
নঙগী নুংশি মনম্না।

## অঙাওবগী চোইরোল

নহারোলনা দ্রগ চারি
অঙম অথৌনা শেল চারি
মপুরোইবনা নিশা চারি
তালোইনা চৈ চারি।
নুপীদা শক্তি পীগনি হায়রি
অদুগা, নুপীবু শারাক তম্নরি
মখোয়গী লেমজবা মাঙহনবিরি
মৈরা পায়বীনা ধারনা ফম্লি
নেতাশিংনা স্লোগান লাউরি
লায়রবা কোকহনগনি ব্রাশক্লি
অদুবু, মীয়ামদি চরা হেল্লি।

# নোংদম্বগী নোংদমখোল

অঙকপনি নোংদম্বগী নোংদমখোল
মায়কৈ পূম্বা পূম্মম মমশিল্লকখি
অখাক অরাওগা লোয়ননা
নোংনা জম জম তারকখি।

অসোমদনা
খাঙলি অনা মৈচাক মমাদুনা
নোং য়ুশিল্লবা কাংথক্তুদা
খাঙলি ওষ্ণোইনা পুলিস কস্তদিদা
হীদাক লৈনি চৎখিবা মপারীদুনা।

অনকপদা
খোঞ্জেল অমা তায় লাউবা
ঐঙোন্দা ভোট থাদৌ
লৈত-লায়র কোকহনগে
চাকহোঙ ঙাহোঙহল্লমগে।

চদৎলবা অহলদুনা
শোল্লি মচীন্দা মুরুম মুরুম
লাক্লমাল্লে নোংদম্বা মাগী নোংদমখোল।

## লোম্বোক্তবীগী নুংশিবা

ইনৈ লাইরিক্তা শীংথাদুনা
ঐগী নুংশিবদি মমল য়াম্বনি।
সম্রাট শাহজহাননদি উৎলি
মহাক্লা মমতাজবু কয়াম নুংশিবা
ফজরবা তাজমহল শাদুনা।

অদুবু,

মাদি মরোল থোক্তবীনি
কবিতা ইবসু হৈজ্জদবীনি
সুর ছন্দসু থোকচদে
ফূরা দলাল শাবসু ঙমজদে।

অদুদি

অর্থ য়াওদে হায়গদ্রা
লোম্বোক্তবী মাগী নুংশিবসে।

## ঐ চন্দন অমুবা থিন্নিংদে

নহাক নপুরোইবা লৈত্রবীনি
নহাক লুখ্রা ওইরবনি
চন্দন অমুবা থিনগদবনি
নুংশিনা তাকপী অহলদুনা।

ঐদি মদু য়ানিংদে
চন্দন অমুবা থিন্নিংদে
অদুনা মহাক শিত্রে নীংশিংহল্লি
মহাক হিংলি ইনাক্তা লৈরি খঙ্গনিংই।
অদুনা ঐহাক চন্দন অমুবা থিন্নিংদে।

## পাউদম অমা

ইনে চাউবীগী ময়ানুপাদু নহারোল য়াওই হায়
আর্মিগা কাপ্পবদা শিগ্রে হায়
মচানুপীদু ব্রাখল চোইরে হায়
কৈথেল কাদুনা মশূ ফাইবোক্তু কোল্লি হায়।

মহাক থৌনা ফবীনি হায়
মৈতৈ চনুনি নোম্বা কনবীনি হায়
বন্দ তোয়না তৌই হায়
কর্ফিয়ু তোয়না তৌই হায়
অহীং লেক্তুবদি ফমহল্লোই হায়।

চাউবী থব্রায় ব্রাজৈ
মশূ করম থাক্কনি খঞ্জে
মশূ অনীদুগা কৈথেলশঙদা য়ারেকখি
কাঙনা চীকই, নোংসু তাই।
মশুশিং.লাইহৌ তৌরে।
মেলেরিয়ানি হায়, কনাদা তাইনরুনি?

নোং নঙ করিগী তাই?
হঙোই খোংই।
হঙোই নঙ করিগী খোংই?
ইকুম ইথা য়ৌরে
গো গা গো গা।

## থরোঙাংবীগী ময়ানুপা

থবোঙাংবীগী মচানুপীদু চেনশ্রে হায।
মযানুপা ওইদৌবিদু কবম তৌই হংই হায়
যু থক্তে হায়
দ্রগ চাদে হায
নহাবোল যাওদে হায
থবোঙাংবী নে তাই।



# ঈংহনবীরো মালেমসে

হে শান্তি কৌবী লাইরেম্বী
কদায়দা লৈবগে নহাকপু
ঙাইজরি খৌরাংনা নহাকপু
খোঙদোইবীরক্লো মালেমসিদা
হীকপিররো শান্তিগী লাইজ
চোংহনবীরো অনৌবা ময়োল
কংশিল্লুরবা হৈপাল লৈপালসে।
নোকহনবিরো মোমোন ইমাসে
ঈংহনবীরো মৈবায়রবা মালেমসে।

**অইবীগী ফোংখ্রবা লাইরিকশিংঃ-**

**ক) সাহিত্যগী ওইনা**

খোমজিনবা ৱাবেং (বেডিওদা অইবীনা ঙাংখিবশিং) ১৯৭৩; ফিজিকেল এডুকেসন (নুপীশিংগী হকচাংগী শক্তি হেঙ্গৎহন্নবা ইবা ৱারেং) ১৯৭৫; ঐ অমসুং সমাজগী যাইফবা (তোঙান-তোঙানবা হিবমদা ইবা ৱাবেংশিং)-১৯৭৮; অঙাংগী লৈকোল (অঙাং শেমগৎপগী মতাংদা ৱারেং) ১৯৮৩, খঙনিংবশিংদো (অঙাংগী লাইবিক মনা ফংখ্রবা) ১৯৮৩; স্বর্গগী লৈবাক্কুদা (লমকোয় ৱারী) ১৯৯৪; কোম্বীং ওপবেসন (ৱাবীমচা) ১৯৯৬; নুপীগী যাকাযবোল (ৱাবেং)-১৯৯৭; কোবৌহনবনা ইবোম্নুংদগী খোঙদোইবকপা লমদমদুদা (লমকোয ৱাবী) ১৯৯৮; লোইনাইদ্রবা বাবী (ৱাবীমচা)১৯৯৯; কোহিনুবগী মশাইগোন্দা (লমকোয ৱাবী) ২০০০; অমেবিকাগী খোঙচৎতা (লমকোয ৱাবী) ২০০১; খুবোই হাওবা লমলাংতোং(লম্মাংদেং: বিষ্ণুপুব (সংস্কৃতিগী মতাংদা ইবা ৱাবেং) ২০০৪; পর্ব্বত কে পাব (চিংলোন্দগী ৱাংমদা) (হিন্দিদা ৱাবীমচা) ২০০৫; গঙ্গাগী মতমবাক্তা (মেমোইবস) ২০০৫; শিজ লাইওইবী অমসুং মহাবাস (সংস্কৃতিগী মতাংদা ইবা ৱারেং) ২০০৫; নুংশি খদোল (ৱাবীমচা)-২০০৬, মণিপুবী সংস্কৃত অমসুং মণিপুবী নুপী (ৱাবেং) ২০০৭। লৈনম চেন্দ্রবসু লৈবাং শাংলি (শৈরেং) ২০০৮।

**খ) বিসার্চ পব্লিকেসন ওইনা**

এডুকেসন ইন মণিপুব (ইংলিস) - ১৯৮১; ফিজিকেল এডুকেসন ইন দি স্কুল অফ মণিপুব (ইংলিস) ১৯৮১; ফিজিকেল এডুকেসন এন্দ এডুকেসন এন্দ এদভ্রসমেন্ট ১৯৯১; ফিজিকেল এডুকেসন এন্দ স্পোর্টস (ইংলিস) ১৯৯২।

**গ) তম্নবা লাইরিক (টেক্স বুক) ওইনা**

ফিজিকেল এডুকেসন (ক্লাস ৱানগী) ১৯৬১, ক্লাস থ্রীগী ১৯৮১: ক্লাস ফোবগী ১৯৮২; ক্লাস ফাইভকী ১৯৮৩; ক্লাস ঐইটকী ১৯৮৩; ক্লাস ঐইট (ইংলিস) ১৯৮৪; ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী ১৯৯১

অঙাংগী বিজ্ঞান: ভুগোল অনৌবা ১৯৬৮

এদুকেসন ইন মণিপুর (ইংলিস) ক্লাস XI & XII কী ২০০৬।



**শ্রীমতি চোংথাম নিঙোল যামিনী দেবী** খৃ: ১৯৩৬ কী দিসেম্বর ১৫ দা কৈশামথোং তোপ লৈরক্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা চোংথাম ঁবেনুধর সিংহ, অপোকপীনা রাজকুমারী ঁসনাতোম্বী দেবীনি। পুখ্রম্বম ঁরাইকুমার সিংহ তেরা কৈথেলদা লৈবগী লোইনবীনি। মচানুপা অনীগী মমানি। মহাক এলাহাবাদ ইউনিভর্সিটিদগী মাষ্টর অফ এদুকেশন, পাটনা ইউনিভরসিটিদগী দিপ্লোমা ইন ফিজিকেল এদুকেসন এন্দ স্পোর্টস, গৌহাটি ইউনিভর্সিটিদগী বিটি অমসুং পিঐচদি, বৃটিশ ইন্সটিটিউটদগী দিপ্লোমা জর্নেলিজমনি। মহৈ মশিং তমলকপদা মকোক থংদুনা বৃত্তি ফংদুনা লাকই। শান্ন-খোৎনবগী লমদা প্রাইজ, সার্টিফিকেৎ, থ্রি ষ্টারস ফংবা মীশকনি। দি: এম: কোলেজ পুল্লিঙৈদা ফিজিকেল এদুকেশন অমসুং স্পোর্টর্সকী ওজা, জি.পি. রুইমেন্স কোলেজদা এদুকেশনগী রিদর, দি: এম: কোলেজঅফ কম্মর্সগী প্রিন্সিপাল ওইরম্মী। শ্রীমতি যামিনী একাদেমিক, কলচরেল, সোসিয়েল ওর্গানাইজেসন কয়াগী মেম্বর ওই। এদভাইজরী বোর্দ মেম্বর নেহরু যুবক কেন্দ্র, নিউ দিল্লি, এদভাইজরী বোর্দ মেম্বর এন সি সি, নিউ দিল্লি, স্পোর্টস অথরিটি অফ ইন্দিয়া নোর্থ ইষ্ট এদভাইজরী কমিটিগী মেম্বর ওইনা থৌদাং য়াখি। মণিপুর ষ্টেট কাউন্সিল ফোর রুইমেন, স্পোর্টস কাউন্সিল, টেক্সবুক কমিতিগী মেম্বর ওইনসু থৌ পুরমই। মণিপুর লিগেল এইদ এন্দ এদভাইস বোর্দ (১৯৯০ - ৯৭) অমসুং মণিপুর লিগেল সার্ভিস অথরিটিগী (১৯৯৮ - ২০০৩) মেম্বর, মণিপুর ষ্টেট কঞ্জুমর দিস্পুট রিদ্রেসেল কমিশনগী মেম্বর ওইনা থৌদাং লৌরমই। মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী বোর্দ অফ ষ্টদীজঅমসুং সিনেটগী মেম্বর ওইনা থৌদাং লৌরমই। হৌজিকনা মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর রুইমেনগী চেয়ার পার্সন ওইরি।

মহাক শান্তিগী সেনা অমসুনি। মণিপুর পীছ কমিটি, ওল ইন্দিয়া পীছ এন্দ সোলিদারিটি ওর্গানাইজেসন, মণিপুর চেপটরগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইনা মণিপুরগী মনুং অমসুং মপানগী লমদা পাঙথোকপা সেমিনার, কনফরেন্স কয়াদা শরুক য়াই। ইউনাইটেদ রিলিজনস ইনিসিয়েটিভকী মেম্বর অমা ওইনা আমেরিকাগী পিটসবর্গতা খৃ: ২০০০দা চৎতুনা দিক্লেরেসন ফোর রার্ল্ড পীছতা সহি তৌরুই। নেসনেল বুক ট্রষ্ট অফ ইন্দিয়াগী এদভাইজরী কমিটিগী (২০০০-২০০৩) মেম্বর ওই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, রাইটর্স ফোরম, লৈমরোল খোর্জেইকোল (লৈকোল) গী লাইফ মেম্বরনি। খৃ: ১৯৯৯ -২০০০ দা রাইটর্স ফোরমগী প্রসিদেন্ট ওইনা সাহিত্যগী থৌ পুই। মণিপুরগী মনুং অমসুং মপান্দা ফোঙবা চেফোঙদা, জরনেলদা, মেগাজিন্দা আর্টিকল ই। অঙাংগী তম্নবা টেক্সবুক, এসে, রারীমচা, লমকোয় রারীনচিংবা ই। মানা ইবা "খঙনিংবশিংদো" হায়বা অঙাংগী সাহিত্যগী লাইরিক্তা মণিপুর সরকারনা মনা পীখি। লাইরিক ৩০গী মথক্তা ফোংদুনা সাহিত্যগী লমদা খুদোল তল্লি। "লৈলাংবা" কৌবা জরনেল অমগীসু এদিতর ওইরমই। থবক্তগী পোত্থারবা তুংদা আশ্রম অমা লিংখৎতুনা নুপী অমসুং অঙাংগী চাওখৎ থৌরাং কয়া লৌখৎলি। আশ্রমদা রুইমেন্স ষ্টদিজ সেন্টর, লাইব্রেরী অমসুং অঙাংগী টোই ম্যুজিয়ম হাংদোক্লুনা সমাজগী সেবা তৌরি।